# অথেংবা অহিং অমদ

বীরেন সনা

লানথোকৃচব

বীরেন সনা এণ্ড সন.

পয়লাপুল—৭৮৮০৯৮

কাছাড়—আসাম

ফোংদোকপিব : বীরেন সনা এণ্ড সন

লাইরিককী হক্ : অইবগীনি

অহানব ফোংদোকচব :— মে ১৯৯৭ ইং

অপোকপ চহিরোন ৬৭ শুব

ইং কুমজা ১৯৯৭ ইং

উনম মশিং : ৫০০

মথুম য়েকপ অমসুং উকম্ শাব : চন্দ্রমোহন সিং

উনম তৌবিরক্প : মেসার্স গৌর প্রিন্টার্স, পয়লাপুল : কাছাড়

মমল লুপা : ২৫.০০

# কখোক্‌চব

নপারিন নরা ওইরিঙৈ,
শজিক মতুং ইন্‌,
থবা মমৈ রায়,
অমং য়াইথোং কুমথ্রব
পাবুঙগী সনা খুয়াথাদ,
কংচরি নচান শৈরাংজব,
"অথেংব অহিং অমদ" ।

— বীরেন সনা

# খুদোং চাব লৌজরদ

য়ুমদাংবন কৈনাইদৌরেনে পাথৌখোয়
লৈথোকহনরোইসিনে ঐখোয়বু নিডাইনা
পুন্সিগী চিহব মিংকুপ্সিদ
পালেম-পান্থৌশিংদ তেংথা নাওইদুনা
কঙহৌসিনে অতল-হমনন থম্মিন্নু
কা-তরেংকি শঙলেন্ শঙাইসিনু
নৈজরিব ইপাঙ্গল ইথিকুন
ওমজব ডাকলৌ পিছুন
তমথিরব রাজনিতিগী থাওমজ্রব
কল্লব নোংলৈ ঙুংশিংসিদগী

— অশৈব

# অকোংবগী মায়কৈদগী

বীরেন সনা ইবুঙো, তখেন (ত্রিপুরা) লৈবাক্কী সনা কোম্নুং আগরতলা মক্তুদ লৈব নিংথেমচা লৈরক, অভায়নগর কোব মকমদ অপোকপ চহিরোল নিপান শুব (১৯৩৮) মেরা থাগী তরানিপাননি চন্‌ব শগোলশেন গুমিংত পোকই। পম্মোগী মিংলেনন ভুবনজিৎ রাজকুমার, পলেমন সিজা চন্দ্রজিনী কোই। মালেমগী অনিশুব লানজাওগী মৈশালক্ত লান্নী ইমুং অমদ অমম অঙান ফাওখিবন, মশামকম্সু ১৯৫৯ দ লান্মীদ চংদুনা হৌখিব ভারত—চাইনা লানগী ১৯৬২-৬৩ নেফাদ (অরুনাচল) অদুগ ভারত পাকিস্থান লানগীন ১৯৬৫-৬৬ কাশ্মিরগী পুনচ্ সেকটরদ লৈদুনা লৈবাক ঙাকপগী থোরমদ মপুক্লিং চংনা মখো পাংথোকখি।

অনিশুব লানজাও লোইশিল্লকপগী তাইহেত্রব নাহেথোল মরক্তুদ মপাবুংগী ফিজি পাইজদুনা তাইবঙ রাখল ঙাজহৌবনিন মশাদ নিংতম্বগী মীশুন অদো পীকলিঙৈদগী লোইনরকখি।

নোংদম্ব মাগী রায়েনদগী মপাবুঙন খুপথ্রবগী মতুংদ অসামগী জিলা কাছাড়দ লৈব আল হাইস্কুল, লক্ষীপুরদ ইবুংঙো অসিগী লাইরিক লাইশু তমবগী পুন্সি মতাং অদো লেনব ঙাখি। মতাংদুদ ১৯১৪ দগী হৌদুনা মহাক্কী ওঝা জয়কুমার সিংহগী মীৎয়েং মথাদ রারেং শৈরেং কয়া অম ইদুনা মণিপুরী মেগাজিন কয়াদ ফোংব হৌখি। লোয়নন মণিপুরগী মপান্দ মণিপুরী লোন্না লাইরিক তমজব ফংননবগীদমক্ত অকনব ইহো-কয়া পুথৎলকখি নোঙাথ্রব কৈশাম পুজিগী লুচিং মথাদ খুনাইগী থৌমী অম ওইনসু থৌদাং পাংথোকচবদ নিংহনজখিদে।

অশৈব ইবুঙো অসিগী অহানব পুন্সি হিন্দু ধর্মদ লৈজরম্ব ওইরবসু—লাইনিংহন নাওরিয়া ফুলো ইবুঙো মহাক্কী য়াইফ পাওজেল মতুং ইনন, তাইবঙ মীওইব খুদিংমক্ত মাগী মাগী মমা মরোনন তাইবঙ মপু মহাকপু শক শোনজব ফংজবগী খুদোংচাব লৌজদুনা "অপোকপ

লাইনিংদ' মিংথৈ লৌজখি। শৌজিক্মক্সু খুনায়গী থৌমী অম ওইজবগ লোয়নন লাইরিক লাইশু কয়া ইজত্তুন মথখোয়গী য়ারা কয়াবু মীওইবগী মফমদ ফোংদোকচনব হোৎনজবদ পোখাব লৈজত্রি। ইবুঙো অসিগী অচানব পুথোকপিথিব লাইরিক অত্তুদি বাংলা লোনদ ইব "বিষ্ণুপ্রিয়া একটি প্রতিবেদন" কৌব ময়াং বিষ্ণুপ্রিয়াগী মরমদ ইবনি।

অশৈবগী খুদোল লাইরিক অসিদ য়াউরিব শৈরেং কয়াবু পাবিবগ লোইনন' মথংগী লাইরিক কয়া অমসু থরাই ত্তরাগী মফমদ খুদোল ত্তমজব ওমননবগী পাক্কল লৌশিং হাপ্পীগনি থজৈ।

য়াইফরে।

| শৈরেংগী লৈচনশিং | চেমায় মশিং |
|---|---|
|  |

শৈরেংগী লৈচনশিং                                                    চেম্মার মশিং

# অথেংব অহিং অমদ

## মিংয়েং অমদং

**আর কে বীরেন সনা** কান্মী পুস্তিদগী-পোথারব চহি ৫৯ য়োম শুক্লব থোইদোক্ত পথাপ ডাকচ হৈব. থম্মোয় শেংজব মনিপুরী অইব অমনি। মতাক্কী অহান্ব লাইরিক "বিষ্ণুপ্রিয়া একটি প্রতিবেদন" য়ুক্তি অমদি অচুম্বগী মমি তাব লাইরিক অমনি। মমারোলবু চাহেংনব অমদগী মতাংদা ময়েক শেংন উংনিত্তবগী থোক্থাং অমনি। অইব অসিগী থোনা অমদি থাজব অনি সিন হুনায়গী অচৌব থৌদাংদ নোংমদি শোইদন অচুম্বগী মায়পাকপ পুরক্পা ওমগনি হায়বদ থাজব পোকহল্লি। অদুবু মহৈন তোল্লকনি মশক্তম্ন, ডায়জুন য়েংব তায়। মমারোল অমসুং মনাংপু চুংশিব মরূপ-সিবু সাহিত্যগী তাইবংদ ফংজবাদি এগী ওইনদি চাওরব নোনাস অমনি। মরমদি এন পাংজব সাহিত্যগী জগৎত মরূপ অম ফংজবনি। অচুম্ব, ফজব অমসুং লৈশেম্বদ থাজব মরূপ অম ফংবদি হৃয়াও নিহাইত নক্তে, তমথিব অমদি অমোংপ রাখল কয়াগী মাযেক্ত লানথেংনদ লেংবাংব কান্মী অমসু ফংজবনি। থম্মোয় শেংজরব মণিপুরী অইরসিন মতাক্কী মতাল উপাদোরব লাইরিক 'অথেংব অহিং অমদ' অসিবু খুংঙ্গদ পাবগী থুদোং-চাব পিরকখি। পুস্তিগী অনগুব কয়াগী মরক্তম্ন পাবগী থুদোং চাবসিবু লৌজখি অমসুং তাম্না উথিব কবি অসিগী পুক্নিংগী মচু তরেংকী ফজব লৈনা কয়া উরকখি। হুংথিনগী মহাকব্য মতমদ অভিবাদ থুগুনা লৈবা থবান মৈচাক্ক হুমিং তারকপগ লোইনন শংবমব অভিবাদ মকা লাম্ন চোংথোক্লকপগুম ইকায় খুম্নজরব ওঝা গৌরহরি সিংহ, তাদইবুংডো নীলকণ্ঠ সিংহনা মণিপুরী সাহিত্য লৈকোলগী অভিবাদ চোংথোক্লকখি। অসুম্ন কানমী পুস্তিগী

কোরৌন নোংচুপ নোংখোংপরেংদ থুপথ্রব মতুংদ মরূপ বীরেন্দ্র সাহিত্য লৈকোন্দ খোংদারকপদি শজিবুগী অহানব নোংলিক্লু শোংকপদ মহৌশাগী মরূওইন লৈজরম্ব কবি-সত্তাগী মরূন হরাও তয়াম্ন য়েন্নিং হুন্নকপ গুম্বনি। বসন্তগী সৃষ্টিচেম্ব মহৌশাগী পাকচাওরব তইবংসিদ মহাকবি অঙাংহলগী মতমগী মণিপুরী লোন্দা বোবাক তোর্ব্বানগী লময়ানব মণিপুরী অশৈব লাইনিংহন নাওরিয়া ফুলোগী খোঙ্‌লীতুন করম্ব মীন্নুংশিগী অচুম্বগী, ফজবগী মন্ত্র থিরক্কনি হায়বত্থ মতমগী ভাবোকশিংন খোরাংন ঙায়জগনি।

অতুবু ঙসিগী ওইনদি পুন্সিগী মথল মথেলগী মহাও তংলক্লব, ভারতকী মফমথুদিংগী ঈশিং থক্লকলব, মরৈবাকনিঙব লান্মী অসিগী অভিজ্ঞতা কয়া শাগৎপ কবিতা ৩৮গী খোমজিনব লাইরিক "অথেংব অহিং অমদ" পাক্লবদ কবিসিগী মমারোল, মনাত, কী ওইব চুংশিব, মহৌশ অমস্তুং মাহৌশাগী ফজবদ মথরাই য়াওজব উব ফংই। মণিপুরী থুনাইগী মকশিল্লক্লিব ফিভমদ, হিংবগী ফীভমন চিরক্লবদ, মচিন মনাঙশিংগী মচেৎ তান্নব, থাজন্নদব মশা মশাবুত্ত হেন্ন খঞ্জব অচুম্বগী মমল পিনিঙলক্লব উরগ কবি অসিন থোইদোক্ল মিপাইজে। ইজাতিগী মাংচংকী ফিভমদ মিপাইজরব কবিসিন অয়াম্ব কবিতাদ থুনাইগী মীয়াম্বু চেকশিহনবগী দমক খুদোম্বী থিন্দ্‌ন তাকলি। অচৌব থুনাই অমগী শক থাংহুন হিংলিব মণিপুরী শিংন নোংমদি মশাগী মশক্তম ঙাকপ রান থোক্লগনি হায়ন অইবন অরাব ফোংদোক্লী। ইজাতিগী মাংচংকী ফিভমদ মস্তুংহুজিম্ব কবিসিন কবিতা থরদ "মতমগ চুনন থাংহৌন্দবদি খোংথাংদো মাংখিগনি নোংমদি য়ুম্বুরেনগী ফম্মেনদো" প্রামান পন্থৈদ; রাহৈ শিজিন্নবদ মতমগীনা শাগৎহন্ব অকাম-অপেৎ, থকশি-থাশি নায়দব রাহৈ য়াওজ্রব, ইংতম্ন, চিংলেম্ন, থোংলব রাহৈ রাতান লেংব কবিতাগী ফজব মহাও অপাবশিংন থেংনবিগনি। ঐঙোন্দা পানখিব পরেং থরদং অপাবশিংগী মফমদ কবিগী রাথল থরতং পুক্লিং চিংশিনবগী দমক নিংশিংজরি।

(১)

অসুম্ন লেপ্লবদি হৌজিক্কী মালেম'শিদ
করম্ম হিংগন্নি অহিংবশিংগী মরকসিদ ।

—করম্ম হিংখিগনি
অহিংবশিংগী মরক্ত

(২)

ঙোংখাদবনি কৈদৌঙৈস্তু লৈম্লে পলেম্ম
মীওইবস্তু ঙোংখাদে মশাগীত্ত নত্তন ।

—করম্ম হিংখিগনি
অহিংবশিংগী মরক্ত

(৩)

চোকশিল্লু ফজবী মাংপদৌরি অরেম্বদ
ময়ুমগীত য়েংগত্ত নপামগীশু মথল্লুদ ।

—বোরাক

(৪)

ঝাখল মরা ভাহৌত্রবদি অশিংবস্তু
লৈয়োই খোংদাকম হৌজিক্কী মালেম'শিদস্তু ।

—মীথলন লাক্লবদ

(৫)

নৈতব মহাকস্তু ঐহাক্কি
মাংদব কৌবস্তু ইদোম্মি ।

—ঐদি জেরোমি

(৬)

য়েংব হৈরগীদি কুম্মৈনি
তার হৈবগীদি শৈরেংনি
মচি হৌড্রিব মকোকতুন
কিত নমত্তুন হারকই
নশাগী শাক্তভ্তি য়েংড্রহুন

— খন্নকুদন

(৭)

মীওইব কৌব নহাক্কী
ঐগীতবু থিবদ
অতেং অথম লৈতন
করিগী নশাবু নশান
শেংতুন চানরিব ? — ঐগী কৌবতবু থিবদ

(৮)

কৌবিয়ুনে ইমা
পুদিনগী ওইব
অশেংব শকলোন্দো
কচ্চগেনে নথুয়া থম্বালদ

— সাহিত্য ইপান সংবদ

[৯]

ঐখোয়গী য়াকং পুন্নমকসে,
থবক ওইন পাংথোক্ত্রবদি,
লৈবাক লৈক্রেক চংহনগনি,
কুম্সী কালেন নাইহল্লোই।

— অথেংব অহিং অমদ

রাকৎ ময়ামদো তান তান
হৌখিব মতম্মু নিঙশিংলকুন
মিং ককুলা অম উইশিনগে হায়ব ঙমখিদে ।

—অথোংব অহিং অমদ

পনজনিংব রাহৈ পরেং কয়া অমসু য়াওদব নত্তে অচুবু কবিতাগী থম্মোয়মুংগী ফজব ঈচেলবু অপবশিংগী থঙনিংবগী থৌরাংবদ থমজরি ।

মরূপ বীরেন সনাগী নিঙব বন্বা, অচুম্ব ফজব পাম্ব থম্মোয়দ ঐগী থাজব চেৎন লৈজৈ । মথংগী লাইরিকশিংদ থোইন হেন্ন ফজব খুদোল ইমাগী সাহিত্যগী পুক্কৈদ তমলকনি থাজৈ । কবি'সিগী অশাংব পুন্সি, নিঙহন্দব সংস্কৃতিগী, লান্মী ওইবগী থাজবদো মতম খুদিংদ তেৎথৎতুন লৈজব নিজবগ, লোয়ন্ন খুনায়গী য়াইফব শোঙ্গরি ।

খৈরুদ্দীন চৌধুরী



## করম্ম হিংখিগনি অহিংবশিংগী মরক্ত

১০/১২/৯৪

লমজাউদ চেল্লিব কাংপোৎশিংগী মরকসিদ,
লেপ্ফমদি ফংজখিগনি মথল্লীব মীরকতুদ।
লেপচবসু মলৈত্রি শেমজবসু মকেদো,
পেনজবসু মলৈত্রি মহাক্কীদি থম্মোয়দে।
তায়োনম্ম উরবসু তারাগিদি মীৎয়েংদ,
থন্থবদি মরৈত্রি মহাকক্কীদি থম্মোয়দা।
শেমবিরকপনি হায়দুন অথোইব মহাকন,
য়োকপিখিগনী মখল্লি হুজিকসু মহাকন।
কনানসু হেনদ্রবনি তত্তুন থনজরুই,
চাউথৎলব মালেমগী খোংথাংসু তমজরুই।
মতমগী নোংথাঙন তত্তুন কুপলরবদ,
ওইনজরুই থংনরিবগী অচৌব থোংজাউদ।
তাবিথিদে কনানসু মহাকন তেংথাবদ,
অমমবত মঙাইখি য়েংজরুব মাইকৈদ।
কনান নহাকপু য়েংবিখিগনি তত্তুন,

অথেংব অহিং অমদ

ফুদোকত্রবদি অরৈব মপাঙজল মথৌনা।
তাইবংগী খোংথাং তুংওইনন লেললনিং
করমন হিংখিগনি অস্থুমন কয়ানি।
লেংদন লৈজরিব ঙমখৈগী শম্বলদো,
নিঙাইদন লৈথোকপদ মাংখ্রনিনে ঙমখৈদো
লৈহৌররোইনে অশেংব, শম্বলন লেংখ্রবদ,
করেমনররনি তাইবঙন শোয়খ্রব শকতমদ,
লেপ্প নাইদ্রব মালেমগী খোংচৎন,
কনাবুস্থ য়েংবিদন নিঙাইদন চৎলকপন।
মিৎমাই পঙব ঙম্মকত্রব মতমসিদ,
কনানবু হাপপিগনী নথৌনাদো তাইবঙসিদ
অশেংব ফিজোনহুবু করমন থোনগনি,
করমন ফিজোনগী ময়াইবু ঙাক্কনি।
মীপাইবন লৈত্রবদি হুজিক্কী মালেমসিদ,
কৈদৌঙৈ ফমগনি কংলাগী ফম্বালসিদ।
মঙমগ চুনন থাংদ্রবদি খোংথাংদো,
মাংখিগনী নোংমদি য়ুম্বুরেনগী ফম্‌মেনদো।
লোন্‌ন থোকত্রবদ না-ন তাদ্রবদ,
করমন পোংজগনী তাইবঙগী লমজাউদ।
মাংশিল্লকপগুম মতৌরে মহৌশাগী ময়াইস্থ,
তেন্‌শিলক্‌পগুম মউরে তুংদগী মাঙনস্থ।
য়েংহৌদ্রবদি য়াংন মহৌশাগী লায়েংন,
লেনখ্রগনি পুন্‌সিদো অয়ো—নাহে তম্‌ন।
অস্থুম্‌ন লেলবদি হুজিক্কী মালেম্‌সিদ,
করমন হিংখিগনী অহিংবশিংগী মরক্‌সিদ।
ইশান হিংদ্রবদ পন্থৌস্থ হিংলরোই।

অথেংব অহিং অমদ

য়ুমজাউগী য়ুম্বীরেনম্মু য়ুংচুন লৈররোই।
তেংথাদবনি কৈদৌউৈদস্মু লেমলৈগী পলেমন,
মীওইবস্মু তেংথাদবনি মশাগীত নত্তন।
তাবিনব লৈখিদ্রব চাউখংলব মালেম সিদ,
অশোনবন তুরগ করেমনব তাইবঙ সিদ।
উংলহৌরোনে থম্মোয়গী অশেংব থৌনাদো,
পাইহলহৌরসি মালেমদ নোংথাংগী ফিরালদো।
মতমন হৌখ্রবদ লৈহৌগদবদী নীঙম দবত্তনি,
লৈহৌগদৌবিব মত্তাকন পিগদবদি তেংথাবত্তনি।
ইশান ইশাবু থংবত্তগী মথৌনি,
পানবদ মালেমসিদ সোইদন য়াইফগনি॥



# বরাক

বরাক কৌবী শকহেনবী ও,
শকলোন পূবী পুকফবী ও,।
শাথেক থুদিং শৈশকপী নংবু,
খোলৈ খোনথাং কক্কবী নংবু।
মনিপুর ইমাগী তম্পাক অতুদ,
মনিং তম্ন বেজ মৈজবদ।
ইমাগী খোমলাংন নাওয়োক ওইখিব।
চানিংব চিঙ্গাক্ত ননিং তমখিব।
ওইন চাওবী থাদোই নংন,
অরা অনা কয়া থিদন।
চৎনিংব লমবীদ অপনব লৈত্তন,
তুংগী মাংগী অমুক য়েংদন।
পুনিংব পুম্নমক অমুক পুতুন চৎখিব,
ইমা মহাকন কৈদৌঙৈদস্থ রারৌখিদব
হৌজিকতি নশাগী চুম ফাতুন,
লৈজব নপাঙ্গল নথোনা থাতুন
বরাক তম্পাক হায়তুন মীংথোল্লগ,
নয়ুম ইংখোল লিংতুন লৈরুরগ।
ঐগী মীগি থজিক নাইহৌদবদ,

লৌনম চিরো্ন মপুক্সিং ওল্লু্বদ ।
পলেমন হুজিক লমলানবী ওইহৌব ।
পুখিব পু্ম্নমক্ মফমচুদ থোমজিললুব ।
ঙসি ফাওব হোনব লেপত্রিব,
করিগী নহাক্ল মীনুংশি থংদব ।
নপাঙ্গল থাদোক্তুন য়োকলীব মকতদা,
করিগী ব্রাজাউ শুহল্লি মখোয়দ ।
নশাগী ইথেং কথোক্ল ফাউবদ,
অপেনব কৌব লৈতব মখোয়দ ।
ওইরোই অরেম্বনি নহাক্কিনী খল্লিবদো,
নোংমদি থংলকনি মখোয়গী অশেংবদো ।
অশেংব নহাক্কী শকতমদো লৈহললোইদৌরি ।
শেমনিংব মওংদ শোয়দন শেমদোকদৌরি ।
পুক্ফবী নহাকপু লমখাংদ খামলগ,
মহাউগী শরুক মখোয়ন লৌরগ ।
পোংলুম পুম্নমক নপামদ পুছনগদৌরি ।
অচুগত নহাকন হায়দৌরি পুকফবীনি ।
চেকশিল্ল, ফজবী মাংগদৌরি অরেম্বদ,
নয়ুমগীত য়েংগত্র নপামগীস্থু মখললু ।
ব্রারৌরুগল্লু নহাক্কী মীতম্পান পীবশিংজুদ,
তাউরিবনী মখোয়দি মংলানগি স্থনত্রংদ

১/১২/৯৪ ইং

## মীখনন্ন লাকপদ

মী নন্ন লাকপদ মীপাইনরে মীয়াম্মস্সু,
মীরেপ্কী মশিংদো অহোংব নাইদ্রবস্সু।
লৌনখিব হান্নগী রারেপশিংদো লেপ্ত্রবস্সু,
থন্নবিদ্রবস্সু মীয়ামগী রাশক কয়াতুস্সু।
হৌখ্রবস্সু কাংলৈরোন কাংলুপ্ কয়ামস্সু,
লাকলরনি অপুনব উৎপ কয়ামস্সু।
ডুংলরনি অপুনবগী ফজব শক্তমতুস্সু,
য়াররনি ফিগাউ মশাগী ওইবতুস্সু।
অপুন পুনদ কয়া অমস্সু,
ভাগদন্ন মীয়ামন লনাই তেংথাবতুস্সু।
অমহানি মখোয়ন পুন্নবস্সু পুনদ্রবস্সু,
ময়ামহুন মরুমকোনবী হনজিন্ন শান্নররবস্সু।
য়েংবিরস্সু য়েংবিদ্রবস্সু মখোয়ন নখোয়বুস্সু,
য়েংবিগনী এখোবদি নখোয়গী খুদোং চাদবতুস্সু।
রাথল মরা তাহৌদ্রবদি অশিংবস্সু,
লৈবোই খোংদাফম্ হুজিক্কী মলেমসিদস্সু।
ওইখিগনি মরুপ নহাক্কী মখোয়স্সু,
মীখনগী চুমথাংন খল্লিব মখৈস্সু।
খুংহনবীগনি খুদক্কী অপান্ন মখৈস্সু।

শাবিররনি লৈঙোইগী ফুরা কয়ামস্থু।
হাংদোকললকপদ মীখনগী উপু ময়ামতুনস্থু,
কায়খিগনি মচেৎ থোক্‌ন থম্মোয়হুস্থু।
মতমহুদ নথবাকতো নশান ফুগাইজরবস্থু,
থারোই নহাকপুদি খুনাইগী মীয়ামনস্থু।
লৈহৌরগনি মতমগ চুনদব ওইসস্থু,
লেমলৈগী পালেমন তেংথাবিখিদবনি কৈদৌঙ্গুংদস্থু।
কংফালদ লেমলৈন তেংথাব গুমনস্থু,
কান্নবোই করিমক লৈজব তেংথাকনস্থু।
ওইজব ঙমহৌদ্রবদ চৈস্থু কাওবস্থু,
ওইবিখিগদর উরোকথোংগী পাম্বৈ কাওবস্থু।
কাংথমাংদ কাইহৌদ্রব পুজাই অতুস্থু,
কাইখিগনী থংহৌদন নখুত্ত পাইজহুনস্থু।
তিল্লাং খোইদাবিহৌসি পম্ভৌ কনাস্থু,
পিবীউ খুদোংচাব ইয়াম্প নখোয়স্থু।
পুরেন হৈনা তুমং ইনজাবদস্থু,
তাপপীউনে অশেংব থেনা বয়াদুস্থু।
মীখন্‌ন লোইখ্রগ কানলরোই খল্লুহুনস্থু,
মীখন্‌ন লাকপদ মীপাইনরে মীয়ামস্থু।

৩১/১২/৯৪ ইং

মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম, রামনগর মশাগী অনিশুং চহিগী মীফমদ (রাই.এস মেমোরিয়েল হাই স্কুলদ) ১৫/১/৯৫ ইং নোংমাইজিং ফুমিংত্ত পাথোকথ্রব।

## কেলেণ্ডার

কেলেণ্ডার কৌবী নহাকপু,
করি লৈরা হৈবগে ?
পোকনফম লমদমন কৈদনো,
পন্থো মীংলেনন করিনো ?
হায়নৈ অথং অহৈন,
য়ামন তামই লমদমদো।
লৈবাক অদো য়ৌবদ,
ইপাক কয়া লানবনি।
করম লাল্লক্ই ইপাকশিংদো,
য়ৌনিং মফমদ য়ৌবদ ?
শক্লোন পুবী নহাকন,
লাক্কদৌরে হায়ন থংনবদ।
শিন্থ পুম্ব লেপ্নখি,
নহাকপু ওক্ননব থৌরাংবদ।
মশাগী ওইজবত্সু তুংওইননখি,
নহাকন লাকপগী চরাংনবদ।
থন্নবগী অরেপ্পসু লৈনখিদে,
করম শেম শাগদৌব।
নহাক্ক থুংলগদৌব মতমদো,

নোংয়াই লানব পুংজাদো ।
ভাইখি তাইবঙ পুম্বন,
ভুম্‌ব হিপ্‌প লৈতন।
গীর্জাগী কাংশি খোঞ্জেলস্তু,
ভাইজখি নহাকপু ওক্‌কদবগী ।
নিন্‌নখি মাইকৈ পুম্বদ,
ইবেম্মন হেক্‌ খুংলবদ ।
অলৈ লৈত খিদনা,
মহাক মহাক্ত ভমজব ।
হোৎননখি লৈজব কথোকননব,
নহাক্ত খুংলখিব মিৎকুপ্‌ত ।
রাখলগী য়েননিং হুন্‌নখি,
য়াইফবী কুমজান খুংলবদ ।
মীচং মীথাই নাইদন,
অচৌ মচা থায়দন ।
নহাকস্তু অতুমক খুংবিখি,
তাইবঙগী য়ুমথোং খুদিংদ ।
নহাক্ত খুংলখিব মতমদ,
চম্‌খি ময়াই কুমজাশিংগী ।
শজিবু কৌবী মহাকস্তু,
লৈখি তাইবঙগী খুৎথেক্‌ত ।
বৈশাখ কৌবি ইবেম্মস্তু,
মতেফমদা অতুমক্‌ তেশিনখি ।
কেলেণ্ডারগী য়াইফরোনবু ফংখিবদ,
হরাউবন চৈরাউনখি তাইবঙন।
অমত্ত ভইখি মালেমসে,

নহাক্কী য়াইফ থৌজালন।

লাইনিং লাইশোন খায়দন,

হায়নহনখি হেপী নিউইয়ার।

শাবি শানৌ কয়াস্থু,

অপাম পামদ থিখিদে।

কুমজা হৌবনি হায়হুন,

ল্‌্যানথোকনখি মপুগী শিন্থাদো।

কাইনহনবীন্থু কেলেণ্ডার নহাক্ক,

মাপেমবু অমত্ত ওইহনবসে।

পুবীরকউ য়াইফব চহিগী,

ভাইহুন লৈজরমগে ঐথোয়স্থু।

তাইবঙগী য়াইফ থৌদাংদ,

নহাক্কী নতেং পাংজগে।

কেলেণ্ডার কৌবী নহাকপু,

করি লৈরা হৈবগে?

০১-০১-৯৫ ইং

১৫/১/৯৫ ইং রাই, এস মেমোরিয়েল খেলমাদা পাংথোকখি (মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ আসাম, রাম নগর মশাগী ২শুবা চহিগী মীফমদ পাথোখ্রকব)

## "নহাক্ত করি থল্লিব"

(৯/২/৯৭)

লোকতাক পাংকী ইয়াইদ,

কোক্‌শেং ফৈন শেত্তুনে

নৌরেন খুত্ত পাইতুন

হিরেন মাবু হোল্লিবী।

ঙামি মাবু ঙানবদ,

পুন্সিবু কাউথোকপ ঙম্মিবী।

খুলাম তোইন কৌজরি,

ইয়াইদ তাউজরিবী ফম্বৈন :

চংজরকউ হায়তুন ম্রকাদা,

মরুপ শান্নসি মঙাঙুম।

নহাক্ত তাল্লিব ঙমিদো,

মহাক্তীদ য়োক্‌লি হায়বগুম।

নপারিশিংবু য়োক্‌চবদ নহাক্তা,

পাংথোকচরিব পলেমগী থৌদাংদ।

ঐহাকস্থ শরুক য়াজগে,

নহাক্ত করি থল্লিব

মপারি মমোম শাংলমলোইদ্র,

ইপারি ইমোমস্থ রাক্তেদো।

খঙজৈনে পলেমগী চৈনাস্থ,

খল্লুম্ব করেম্নবস্থ নহাকপু।

মথৌতাব ঙামি পিবিগে,

পুরকউ নহাকী পোয়োমদো।

পোথারগা ঐহাক্কীসিদ ঙাইহাকতো,

চাজয়ো পোৎয়োমদো থোকলগ।

অচুঙৈগী মতম অচুদস্থ,

চীঙখুবগী মমোম থোইবীস্থ।

ঐহাকা ইতা শানখিবিনী,

ইনজিংস্থ ঐহাক শোনমিন্নখিবিনী।

শিন্নজরস্থ মথংলেনগী পাউখোনশিংদো,

য়ৌহনবিখিবীনি য়ুরেনজমগী মকাদ।

পেনজখিবনী লাংলেন থাদোইদো,

ফংজবদা য়ুবেনজমগী মপারিদো।

উবদ ঐহাক্কী কথোকপদো,

পিরম্মী থাদোইন য়াইফরোলদো।

মালেমন লৈরিঙৈ লৈরক্উ,

কোক্পিরকউ তাইবংগী অরাব।

মুংশি থংদব পল্টোশিংদ,

তাকপিরকউ মুংশি মশক্তো।

তাউজরগ ইপাক ইয়াইদ,

থিজদন ওইজব করিমত।

মীওইবগী অরা অনাদ,

য়াজগে শরুক হায়তুন।

থাংজরিবীনি তাউতুন অচুঙৈদগী,

ইথেদাংনি থুংনজহনবন কাইনবশিংবু।

য়েংজো থাজত্রগ নহাকস্থ,

পেন্ন মীৎস্না অনিদো।

ফমব্রেকনন লাংলেন মহাক্,
ফমথরবগী তারিব মমিসে।
নক্লেদো অসিতস্থ ইতারোই,
মীওইব কয়ামস্থ নহাকগুম্বী।
থমজরি ইথাদা কোনত্নন.
কেন নৌন পানজরি মখোয়স্থ:
শনজবদ তাইবংদ য়াইফব,
হিংজরি ইথোদাং ওইনস্থ।
খংত্রব মীহুংসি তাইবংগী,
লাং কয়াদগীস্থ ফাদনবগী।
শঙাই কৌবি ইবেম্মশিংবু,
কনত্নন লাকচবি ঐহাকনি।
পলেম নখোয়গুম্বী কয়াগীস্থ,
কোকপিরুনব হায়ত্নন অরাব।
শেমজত্নস্থ ইপারি কয়াম,
থাজরিবীনি কংলা রায়েনশঙদ।
তরংগী লাইজ মহাক্,
য়োরকপদ মহুং মতমদো।
খিক্ থরকখিবদো ইথক্ত মহাক্,
খোমজিনবদ অঙম্বা মথৈ।
তাইবংগী য়াইফ থৌরমগি.
পোথাজত্রিবীনি শিন্জ য়েনজবদ:
ফারকলগ হারেপ পারিশিংন,
পাইরবগ কংলা রায়েনদো।
খন্থব করিম তৌদন,
তৌবদ চিনথোক চিংশিনদো।
চোক্থখরে থরমথৈদি হকচাংসে,
নীংহন্নজত্রি অহব্ু হুজিকস্থ।

মমোম্‌নি মণিপুর ইমাগী,
নিংহন্নজরুনি ঐহাক্ন করিগী।
চেনসি রাধলত ইতারোই,
লৈজরুনি করিগী অরাৎপ।
চীংথোকহল্লগ মশাগী ইখেংবু,
মঙানবু পিরিব লাইজদম্মু
থমবিদব ফুংশিব মীওইবনি,
কথোকচরবম্মু লৈজব পুন্নমক্‌।
অফুবৈ ইপু খোংলেনম্মু,
মপারিন কাউরেন ফাবদো।
য়েংহনবিথিবী লোকতাক্‌কী লাইজনি,
ভাংজবিনী ঐহাকম্মু মাঙোন্ম।
মীরাইগনুসি ঐখোয়ম্ম মহাকপু,
পানগনি য়াইফ থোইন।
ওইতুন মতিকচাবী পলেমদো,
তমজোনে মীহুন পাথৌশিংগী।
য়ান্নসি শরুক য়াইফবদ,
ইমা লৈপাক সনাগী।
চাদনৌদানি নিঙ্খোইওন্মী মহাকী,
ডংম্মোইদা করিম্মু লৈরোয়নে।
শন্দোকপদ মালেম শিনথুংনা,
পারি পুরিগী মতিকতো।

৯/২/৯৫ ইং

## 'লম্ফেল নহা কোম্বিরৈ'

লম্ফেল নহা কোম্বিরৈ,
তাইবঙ পুক্রিং মুঙোলৈ।
লমদা থাগী থানিন্‌ন,
মালেম ইচিক হুনবদ।
শক্তিবু কৌবিগা লোইনন,
কুমজ মান লাকপদ।
লৈরাংন ফুগাইন শাৎপদ,
নোকখিবদো লৈকা খুদিংন।
ফারকপদ হারেপ মহাকন,
হুখিব পাইম পুক্রিংদো।
করাকত মুংশিং নামিব,
থাংজখি তৌফম খংদন।
লম্ফেল কৌবী মহাকপু,
খংখিদে মাইকৈ শলাইদো।
অতম্বী পাৎকী লাইজনা,
থাংজখি তৌফম খংদন।
তনৌবী শিঙেল নহাকন।
নমুং মতম চাদন।
কেমখিগদরা হায়তুনা অসুমন,
ঙমখিদে তপথজব থম্মোইন।

লৈরাং লক্তগী অথোইবী,
ওইরিব অশৈবগী তেংথাক্ষম ।
মতম কুমজা কয়াদগী,
য়াইফ পাউজেল পুরিবী ।
ইচিক হুনববু য়েল্লিবী,
শকলোন পুবী শীঙেলও ।
কোম্বীরৈ কৌবী নহাক্ক,
লম্ফেলদত নয়ুম লিংবদো ।
লুংশিবনর নপাম লমদমতবু,
হঙ্গোতুনর নত্রগতাইবগুবু ।
থংদবনর নশান নশাবু,
তাকপীরোইদর অশেংব অমতদি ।
থাসিগে করম নহাকপু,
লৈরালক্ত মলেম লৈকোনগী ।
থনজবদ মীপাইজরে থম্মোয়সে,
থংজনিংঙি লৈরাংগী অশেংবদো ।
থন্থহৌশিনে পুক্লিং লৈতান,
য়েঙ্খোকনখরে চাদা পুম্নমক ।
হৈবশিংদ লৈথোং শেংবদো,
লেংমান্নবী লৈরাং কয়াম ।
শাংচথরে মালেম লৈকোন্দ,
ফাজহুন মশাগী হায়রেপতো ।
লম্ফেল কৌবি মহাকস্থু,
তিনাখদোরে মহাকী তিনফমদ ।
লৈতেদো মহাকী মরালস্থু,
ওইজবত খিব তাইবগুনিন ।
য়াউহুন থম্মোয়দি কয়াদ,
কোনবিগনী মথাদ নহাকপু ।
লৈখিদ্রবদি নহাকন নোংমদি,

লৈরুরোই মতমক্তদ লম্ফেলসু ।
মিহৌসি মতমন লৈরিজৈদ,
লৈরুমগনি লৈহাউ অতৈদসু ।
চোংথোরক্কনি সোইদন অমদি,
সোমখিনব লৈরাংগী লৈথোংদো ।
লৈত্রবদি পাম্বৈন পোকনফমদ,
মহৌশানি থিরুব পাম্বৈদো ।
য়ানদন মহৈ শাংচবগী,
মাংখিন্নুসি শিঙেল অরেম্বদ ।
শাংথোনে শিঙেল ফুগাইন,
য়েনথোনে ফজবদো ভাইবঙদ ।
খল্লুগন্নু অরেম্বনি তরংদো,
চেনবনী মঙোনদসু ময়াইদো ।
থোকত্রগ নপাঙগল নহাক্কী,
শিন্নথোনে পাউথোনদো মঙোন্দ ।
চীঙদ শাংপ ইঙেলৈগুমন,
কেন্দোক্টসিকো শিঙেল চিন্নদন ।
কেনথ্রবদি লৈরাংন অরেম্বদ
ঙক্টখ্রনি শিঙেল অতিঙা ।
পারিশাংন নপাম লমদমগী,
তেংথারবসু লৈজব থম্মোয়ন ।
লাকপীরোইনে কনাগুম্ব মীওইব,
লেম্খিরনব মালেমদগী ননাক্ত ।
শাংহৌদ্রবদি লৈরাংন মঙমদ,
লৈরোইনে অশৈব লৈরাংবিনব ।
য়োজহৌদন মপুগী লাক্টশঙদ,
কেমজহৌনিদো লৈবাং লৈথোঙদ ।
শাংখিসি কোম্বীরৈ শাংখিসি,
মলেমগী লৈরাং লৈকোন্দ ।

৯/১/৯৫ ইং

## তুরেল

তুরেল কৌবী তরুবী, শকলেন পুবী পুকফবী
লমদম কৈদৈ লাকপনো, পঙ্খৌ মীংলেনন করিনো ?
লাইজ ইরিক খোমজুন, লমদ কৈদ পুরিব ?
চোকথদর নশাদো চেনবদ, অরেপ অকাং লৈতন
অহিং লুংথিন খায়দন, অনেম অরাং লানজুন
নোংপোকতগী নোংচুপত চেন্থরিব, অমুকস্থু অরংদগী খাদ
তাবদ নহাকপু তাইবংগী, মিকপ মীরাউখোল সিংজুবু
তুজুংব হয়বস্থু তৌদব, মীপাইব কৌবস্থু পোকতব
লাউ খোংজুন করিগী, অমুক কনন চেল্লিব ।
পামু মাবু তানবর, লুংশি পনথুং য়োনব ?
অপাম লুংশি থাজুন, মপু মাবু থিবর ?
মপু মাদি লৈবনি, তাইবঙ থরাই লুংজুদ ।
খুদোং চাব ফংবদ, মশাগী ওইজব থিবদ
থংলগ নহাকপু মরকত, পুবদ পুনিংব মফমদ
নশাগী তোর্বান অনিন, তেংথাবদো কাইন মৈচাকন
অরম্ব শানে থাংনে, থদোংখিব কয়াবু নহাক
পনথুংভম লমদম য়োরগ, ভিল্লগ নপাও লকুদ
কাউগৎকো লৈতৌবি হায়বদো, ঙাইজুন হল্লকপদো নহাক ।
ওইজুন লাইজা ইবিনদো, হল্লকখ্রবদি পুকফবী নহাক
মহৌশ কৌবিস্থ লৈরবোই, থরাই পানবস্থু হিংলম্বোই
চরাউ তয়াম্ব নহাক, নপাও পুম্বগ লোইনন
পাইরকপদ অতিয়া শিনথুংন, শকতুন খুলং ঈশৈদো
চরাউদৈজে তাইবঙ পুম্বন, তাবদ লুংশি ঈশৈদো ।
শক্‌সি ঈশৈদো পুকফবী, চাংড় কুনজা খুদিংগী ।
নহাকী কখোক্‌প পুকচেলন, লুগঙলবীউকো মংলেমদ ইচিক্রো
ওইরগ তাইবঙগী য়াংফর, লুমিত থাগী মলেমদ ।
মহৈ হায়বদো য়াশগনি, নবৌদাং মশক খংবগী
তুরেল কৌবী তরুবী, শকলোন পুবী পুক্‌ফবী ।

২২।২।৯৫ইং

# রাধেন করি হায়রি

ফমথৈজে কৃষ্ণবল্লভ লৈত্তান,

মহাক্কী মরাং কাইরব মমাং শঙ্গোইত্তুদ।

নুংশাম্বোরদো শাংন হোন্দোকৃচৈ,

মকোক্ত য়েংলিব থুদৈদো লৌথোক লৌথোক্ক।

অমুকস্থু থুপচিনজৈ থুদৈদো,

শাংত্তক তৌন হায়রপ্ কোমলগ্ন মওংদ।

লাংবনগী লৌচি কোইত্তমদর,

শারব নুংশাগী মৈশাগ, চাইনরকপগী লমহাংদ।

থুদৈত্তুন উরুক্ত লৈরগ,

হৈজিক লাংজরি, কৃষ্ণবল্লভ তেথংচনব মশাদো।

মথুত ওইত্তুনমুক পাইরগ,

থুদৈত্তুন মশা পুম্বদো কনদোকচরি অমুকস্থু।

ফমন ফমন য়েংথোকৃচৈ,

শুমাংদ শন্দোকলিব হুমদোকত্রিন যৌরেন ফৌদো।

হায়রপ চেপতরমুক য়েংখংচৈ,

করিগুম্ব অপাইব নোংহৌমুক লাক্কদর হায়ত্তুন।

খংহৌদন মচিনদগী থোরকখি,

রাধে, রাধে, ওন্থোক্ক শাগ্রেদ নুংশাসে।

ওইওইনন থারিব পোংফকত্তুদ,

সান্নত্তুন লৈজরিব, মশু অপিশক অত্তুন।

তিংখৎতুন চেনশিনথ্রগ য়ুমজাউদ,

মথুত পাক্টত্তুন চিংথোরকলে, মবেনবোকপু শঙ্গোইদ
লেপতনমক অত্তুম চিংশিল্লকই.

নিঙাইদন ফমজরিব, মপুবোক্কী নাক য়ৌন।

ভৌফম খংদবগী মওংদ,

মপুরোইবদ হংজথি, অহল ওইরবী রাধেন।

থোইবদ করি হায়বিরুরবগে,

পুপুগী নাক্ত চংসি, হায়ত্নুন চিংলকলিবসিবো ?

কৃষ্ণবল্লভন, হায়খিব লৈতেদ,

লাই শোনজবনিদ, নঙোন্দ করি হায়রিবনোনে ?

হয়ে কৃষ্ণ ইবুঙো,

মীং থোনবসিম্ম লুদোরিকো. রাধেন হায়জথি।

ইকাই খুংশি য়ানন,

থোইবনমুক হায়রকই পুপু নঙ ফত্তে

ওজিকত নহাকন বোবোকপু,

কৌরগ করিগী কৌদে, হায়ত্নুন হায়রিব ?

অত্নুদি বোবোকসে লাইরনে ?

খংনিংন হংঙরকই, অঙাং ওইরিব থোইবন।

কাদ ফমত্নুন শৈরেংঙরিব,

গোবিন্দবল্লভ তম্ম চুম্ম চেনশিনথ্রগ থোইবন।

মপাবুঙদ চেৎন কোনশিনজরগ,

হায়য়ু পাবুঙ, নহাকম্ম লাই হায়বত্নুর ?

গোবিন্দবল্লভন মচাবু পমখৎচরগ,

করিগী লাই ওইজরুগদগে ইচাগ লৈমিন্নরিবসিদি ?

মচাগী চমজরব রাহংত্নুন,

নহৌনন থম্বহল্লম্মি গোবিন্দবল্লভপু হায়রিবসে করিনো।

## ঐদি জিরো-নি

ঐথোয়গী হৌভমস্থ ঐহাকনি,
মথোয়গী ময়োনস্থ ইশানি
অতিংকোকস্থ হুকচাং কয়াতনি,
মালেমন লেপ্লস্থ ইতীক্লি।

অঙৌবগী য়ুম্ফমস্থ ঐহাকনি,
ইশাদগী অমুবস্থ থোকপনি।
মতোনস্থ ঐঙোন্দগী চোংবনি,
ময়োনগী মরুস্থ লিংবনি।

লৈরাং ওইনস্থ শাংপনি,
মহৈগী মহাউস্থ ঐহাকনি।
অচত-চত্ত খিবিকী পোকফমনি,
লেম্ফুগী হৌরকফম ময়োম্নি।

অম হায়বদো ঐহাকনি,
তরাস্থ ইশাদগী থোকপনি
চাশিং লিশিং লক্কাস্থ,
ঐন লেপ্লগ ওইবনি।

মীওইবগী হিংনব লম্বীনি,
লানূন থোংজাউস্থ ঐহাকনি।
জেরো ঐন লৈত্রবদ,
লৈব কৌবদো লৈররোই

লৈফম থোক্পন লৈত্রবদ,
তেংবানব মাস্থ ভাল্লরোই
নশান নশাবু থিবদ,
ফংব কৌব লৈরম্নোই।

অথেংব অহিং অমদ

ফংবা হায়ববু ফংজ্রবদ,

ঐনরম্ম পুম্বম্মু ঐনবরোই।

ঐতব মহাকম্মু ঐহাক্কি,

মাংদব কৌবম্মু ইদোম্মি।

ছুং মাংবু য়েংজহৌ,

নত্রবদি ময়োনদো কংথিনি।

ঐগী মীগী নাইক্কনু,

পুম্নমক মীগী ওইখিনি।

জিরো ঐন ঐনবগী,

সুমিং থাম্মু থোকপনি।

ঐবু থওইদ্রিব মীওইবগী,

মশাদো পোলাংনি অতাংব।

তুংওইনরিব খুনায় অহুম্মু,

কাংগ্রোং য়াউদ্রব কাংপোৎনি।

জিরোবু মীরাইব মীওইব,

হিংন হিংন হিংলরোই

হিজ্রব থরাইন লেম্মদি,

ইপাক্তু তাউব কোম্মোম্মি।

১৮/১/৯৫

# থৌদা

চীঙথৈ হুনবী চরোইন মশা মরেং ফমজুন,
য়াহৌত্তনবী ক্ষাকত করেমনন হায়রকই
অলৈব নপাঙ্গল থাজুন য়াকাইখিবত নত্তুন,
তুংগী মাংগী থৌদোকস্থু পাওদমজরিবী অপংবী
ক্রবম ওইজব পীরিবী মরৌ চাওব তইবঞ্জন,
নখোঞ্জেল হুংশিংদো তারগ তানখোকপিবত নত্তুন
চীঙলেম্বী ক্ষাক্ত থুবাম চাওন থুমকই,
থৌদা পাংথোকনবদ মীগী মতৌ ত্তমফদে
হায়রিবসে লাইরানি থাব য়াত্রব পাম্বৈনি,
থংজহৌনে ইবেম্ম শমৈ থাবী চেপ্ হাইবী।

চৈথা ১১/৪/৯৫
লৈপাকপোকপ

# তনৌবী তালোই

তানিংদে ওকচরে লৌনম্ব খোইমুঙ,
ঙংলম্ব নাপদ চীরোল তৌরম্ব।
অবামনম যমুনান টি-ইন-ব্রানদগী মুংশিন শকলি।
অসোমদ তনৌবী ড্রেসিং টেবল মমাংদ,
নিঙাইদন ফমদুন শদুনা শম্বেং থাইরি।
মনেমন অমুক্ক হুঙঙমমী লোইত্রিবনে পেম্মা ?
খৌশাব তৌখিদে তনৌবী মনেম্‌ন য়েংশিল্লকপদো
ফিজোনদো স্টু তাহললি, খোংনীং ব্রাংবী তোংশিল্লী
নিং-মাংদো হায়রপ ফিংলপ্‌ন য়েংথোকচৈ
ড্রেসিং মিরারবুম্ব মকেদো অমুক্কং য়েংহনজরম্মগ,
মচাগী মখুত পাইদুন তফিং তফিং থোরকই।
লাইবু থুরমহল্লবরো অঙাংদো হংজরকই মনেমন,
তনৌবী মচাদ ওনশিল্লগা বাই তৌরম্মু খ্রেঙমাদ,
মশু অপিশক অতুন মখুবাকতো উংলগা,
মঙকতো' চেপতক তৌদুন বাই খ্রেঙমা হায়রম্মি।
মখুবাক মচাদো উংলমবদুদ চম্মনহৌই মবেনবোকতো
কবিনো খংদেদ অঙাংসিদ তম্বীরিবসে হায়রম্মগ।
মনেম হন্নুবীদো মচাগী অরাংপ য়েংশিনজহৌই।

১৫/৪/৯৫ ইং
থাংজ ( থাবুঙ )

## খম্বরুদব

কলেজতগী থোরকখিব ময়ামদো,
ওই য়েত খাইনখিদে ।
মমাংগী লমজাউদো ময়ামত্থন,
চিত চাইব ওম্নখিদে ।
শান্নখিব রারি রাতাই,
অমন অমদ তেংথানখিব
য়েংব হৈবগীদি কুম্মৈনি
তাব হৈবগীদি শৈরেংনি ।
কদোমদনো ষল্লুপ অম,
খাম্ব য়াদবমখৈ চেনশিল্লকখি ।
ময়ামদো মাইকৈ শলাই খংনখিদে,
পাখং অমন তুংইষনত্থদ
নিংব কাইব উংশিল্লকত্থদ,
লাবমচাত্থন শং ওনশিল্লকত্থন,
মচি হৌজ্রব মকোকত্থন,
কিত নমত্থন হায়রকই,
নশাগী শাজততি য়েংদ্রত্থন ?

১৬/৪/৯৫

অথেংব অহিং অমদ

## শিঙ্গারৈ

শিঙ্গারৈ কৌবি লৈরাংন ভাইজখি ইথৌলাংজন,
মেংলব থাবলগী ইপোমলক্কু ইকাই হুংশি য়াননা।
হুমিদাং চুপ্প লেনজখি শাংচখিরোই খনহুন,
মথংলেন চীউথৈ হুনবগী হুংশি শহুম ফংদ্রিউন।
শরক চংপ মালংবন ভাঞ্জ অদো ফংহুন,
কাইহৌজরুই শিঙ্গারৈবু ঙলক মীহৌ লোইনন।
মোংব—হাব লৈত্রবদ থম্মোয় চেংপি শিঙ্গারৈন,
হাইন হুমন থাংজখি মীহৌ চাউব মালংবন।
লাংলেন শিঙ্গারৈগী দমক্কু মিপাইজখি মলেম মান,
মঙ্গং মতম চাদন লৈরাংন লৈথোক লোইখিদৌগরোই নিংহুন
হুংশিনব হায়বহুদ মপুগী মতীক চেনবনিন,
থোংদোইরকখি চীউথৈ মাপু মহৌশা মওং কাইদন
শাংচখি শিঙ্গারৈ কৌবীবু মহৌ মকা লামজন,
হাইবড পুক্রিং হুরব হুংশি লৈনম য়েনজন।

১৬/৬/৯৫
নোংমাইজিং

## ঐসু ঐগীদমক কপ্পা

ঈশ্ৱ অপিশক অদো মমা মপাগ লোইনন চংখিগদৌরে হায়রুন,
য়ুম হুপ্প মরাং হৌনরকখি।
ঐদি কাদ ফমহুন লৈজব রাখলগী পরৈ থাজরগ মিং কুপ্‌তন
অতৌব চেবাংগ কনন চাইনরি।
মুংশিরব মথুং মচাহুন ইংথোংদ তমোন তমোন শোকলকপচুদ,
খুত্তগী থোংজ তাখিব থংহৌদে।
হৈবোই হৈতবোই রাহেন পুখৌ চংলে হায়রুন লেপ্লগ,
তত্‌ক তত্‌ক য়েংজরকই।
হোরেনদগী ঈশ্ৱর তশেংনমক উব ফংব ওয়েরোইদর থন্থকদ,
পুক্রিংদ য়াওন অম লাকখি।
ঈশ্ৱ অহুগী মুংশিরব মাইথোংতুন ঐগী লৈজব পুম্মক হুখিহুন,
মিংলুগী পিরাংদমক থম্বিরম্মী।
লৈবাক খুনায়গী দমকুত থম্মোয়গী পিরাংবু মপুন পিরকপ লননি,
খললম্বদো তাযোল্লবকপগুম তৌরকখি।
অতোপ্প হক্‌লব মুংশিব অমগম্‌ তাইবঙ মীওইবগী থম্মোয়দ,
তংন থানব য়াদন লৈৗর হায়বসে ফাউরকখি।
ঈশ্ৱ অপিশক অহুন ঐহাকপু তাকপিবগুম তৌখি,
পুখৌ নহাকস্মু নহাক্কীদমক কপ্প তম্মু।

২৪/৬/৯৫ইং থাংজ
লালাং

## —: শ্বোর হোল্লিব অশিব :—

১৩/১২/৯৫
যুমশকৈশা

মহাও থংন চান্নিং থকনিংব চাত্তুন থকতুন
অশিবদু মশক থংন পাল্লিব !
তরানম্মু ইকাইথুম্মজরিব তৌব তম্ম,
মখোং লৈবাক তম্রিব ইবুঙো মহাক্কী,
মরাং কাইরব ঙায়োক পুম্ব্রিত্তুগী ইপান ওইরপন
মনিং মখা তম্ম ফঙমদ্রব ঙামিশিংন,
অরাম খৌরাংব কোকচনব চাজরিবদো উরগ
শম্বল ব্রাংমগী চরাম চদংনরব,
মখোং অনি পানব মথয়াং কা—হেন্ন য়াংলব,
মচিন ময়া চোল্লব মকোকতম্মু মশন হৌরব শিংত্তুন !
তরাউ তরাউব মমিৎ মনাদো কোক কোক ওংতুন,
মাইকৈ শিনব থুংন য়েংলগ
খুংহুমতুন অরেপ্প লৈতন ফাদোকপৌরি।
শিনিংদ্রব ঙামি করান খুদোংচাব য়েংত্তুন,
মরাং কায়রব খুবাকশিংতুদগী চোংথোরকপত্তুদম্মু,
অমুক হনন ফাবিরগ লৈমায় থকতুন
হাইহুংপিত্তুন, লাইজ ইরিক অম ফাওব পকপগী,
খুদোংচাব থম্বিদ্রব তুঙ্গোনম্মুংতুদ হুনজিনবিরি।
মখোয় অত্তুন লৈজব মপাঙ্গল মরৌশিং থাত্তুন
চোংথোকচখিনব হায়ত্তুন অরেপ্প লৈতন চোংনজ্জ
অত্তুবু, লৈজংম্ব মতৌক ময়াই পুম্মমক্ক লোইরকখিবদদি,
মথব্রাই য়াওদ্রব মরূপ মপাং কম্মা অত্তুগী
মবকত্তুদ ওনথোইত্তুন শ্বোর হোল্লিব অশিব অম
ওইন মতমবু ঙাইজত্তুন হিংজব ঙাথি।

অসাম মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ রামনগর থৌশং মশাগী ওশুব চহিগী মীফমদ Y.S. Memorial school khelma ১৪।১।৯৬ ইং নোংমাইজিং হুম্মিত্ত পাংথোগ্রব।

## —ঃ থরাই য়াউদ্রব থম্মোয় ঃ—

মন্নুং মতম চাদন কাইনখ্রব মপুরোইববু,

নিংশিংজরুবদ, তোম্বীদো !

মীচিক মীরাওথোন তাখিদন ইচিক হুনখ্রবা হুমিদাংচুদ,

লেংদ্রব মুংগী শক্তমগুম !

নাকথগী উখোংতেনচুদ ফমচুন,

মালংগী ইথক ইপোম অমদ ইরাক্লরম্মি ।

কনবিনব কনা লৈতন, মপান ওমথৈ নাইদ্রব মলেমসিদ ।

মাগী থরাই য়াউদ্রব থম্মোয় মান্নু,

পোত্থাভম খংদন তেংথাজরম্মি ।

থম্বালবু ওমজবি মীৎস্নাদগী, শিন্নুরকথিব,

মিৎলুগী পিরাংচুন রাথৈজচুন,

মীঙ্গুংশি খংদ্রব মচৌশা কৌবিগী মফমদ

মদোম ওানজরিবি থাজ মান তোম্বীগী অরাবদো উরুবদ,

চীওলেমন পাউমেনজরকই

তরংগী ইথক ইপোমদ কওাউজরম্মু,

অমম-অওান থাইব ওমজরোই ।

ঐগুমন অমম্বু ওালহনব তমজো,

লম্বী অচুন অথোইব য়াইফবনি ।

শরক চৎপ মালং মান থুদোংচাব ফংজবচুদ,

লেমন লৈথোকপ ওমজদচুন,

তোম্বীগী মুংশি চেংলৌহুবু মাগী চোইজাইনব শমলাংহুন,
ঙাইঙমদবমখৈ কুপশিনজরম্মি ।
ইনজরিব ইনফি অদুগী ফিজিহুবু অমুকম্মু
অরেপ্প লৈতন হায়দোকপিরম্মী।
মথোং কারকপ পুনসিগী মহাউহুবু
অরেম্বদ মাংহনগম্বসি মতাগুম ।
অহুবু তোম্বীগী মংলানিন মংফাউনরকপদদি,
থম্মোইদগী শিন্থরকখিব পিরাং মাসু
মফম থংদন কংহুন মাংখিরম্মি।

---

অসাম মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, রামনগর মশাগী ৩শুব চহিগী মীফম Y.S. Memorial M.E School দা ১৪/১/৯৬ ইং নোংমাইজিং হুমিত্ত পাংথোকখ্রব ।

## —ঃ তাঁলোয় ঃ—

পন্থৌ মানব উপনখোয়,

তম্বীরমখোনে অফব তাঁলোয় কয়ামসু,

নপারী পাখৌশিংদ।

ঙমখৈদুংদ ঙমখৈদ্রব মলেমসিদ,

শনজফুল শাগৈগী চাদা-নৌদাদো

নিংতম্ম থৌগলজব ঙমজব ওইজগনে,

পুক্কবী পাক্লম ইমাগী।

১৯/১/৯৬ ইং

নিংথৌকাব

## লৈশাং তুমজরবী কেতুকী

৬/৭/৯৫ ইং

শগোলশেন

নুংশি লৈনমদ তংতাব খংজদ্রিব শাবী শানৌশিংদ,
পনথৌ চাইগোল্লুংদগী শিজেল কেতুকীন তেংথাজরকই ।
থৌশিন হৈখ মালংবগী চিরোলদ, করিগী মিপাইরুরি মীওইব,
মীনুংশি থংদব পনথৌগী খুৎস্ত থাংলেনবু হওইদব তৌরুগ্ন
লৈথোক লোইগনবী শিজেল লৈরাংস্ত নৎচদেকো ঐহাকাতি,
অপাম কাদ থুংনজবদ নুংশি শুদোলস্ত ওইজনিংদে ।
পনথৌ মশাইগোল্লগী নুংশি লৈনরবু য়েনজবগ,
লোইবংন ইচিক হুনবদ পেনজখিবী শিজেলনি ।
অপাম কাস্ত মীহৌজরুদে নুংশি পনথুংস্ত কলকচরুদে,
লাংলেনশিংগী নাপদ শিজেল নাচোমস্ত ওইজনিংদে ।
পামু মকাদ যৌজবগী পুন্সি লৈপুন্ন পুন্নবদ,
তাঙ্গা অদুদতদি থিনিংরুকউ লৈরাংগী অরাবরু উবিরবদি ।
নুংশি পশ্নুংগী অহানব মীকুপত পামু চিঙ্গোকনহদো তাজরগ,
কেতুকীগী মপোক ফংজবগী মহৈ য়ানব শরুচগে ।
পুন্সিদ খোইমু সত্তম ফংজদ্রিবীনি চিংন মচেৎ থম্বীগন্নু,
লোনমস্ত হৈজদ্রিবীনি লৈকাশিংতদি চোইজাইনহনবিগল্প ।
মপোকসিম ইপাং নাইদন লেনজ্ঞদৌরিবী লাইবক চাওবীনি,
মথংলেনগী চিরোলন অবাম খোরাংন কোক্চবী
শক্হেনবী চেক্লা য়াগোংগুম্বীগী মপোকনি ।
লৈরাংন লৈমন চনজ্রিদ্রৈজদ নুংশিগ মশাক খংজখিগে,
মীনুংশি থংদন তৌনসুসি ওইজরত থিব মীওইব
নুংশিনব লোব পোৎচংদি থাইনরবস্তু মথেং তাদবনি,
পুন্সি মহৈ য়ালহুননিংলবদি নুংশিনব তমশিকো ঐখোয়স্ত ।

# শিরোই লিলি

শিরোই চিঙগী মমোমলোই লৈকং থরো নহাকপু,
লিলি হায়ব মীংলেনদ করমন কৌনখিবনো ?
মলেমদ নাইতোম ভানজরিবী কোম্বীরৈ কৌবী লৈরাংন
হৃংলিদো অতৎ অকাং লৈতন থম্মোয়গী অশেংব য়ারান।
খোঙমেলৈসু তেংথাজরি, মীংথোন মাবু তাবদ,
মীরৈবাকচা কয়ান শাৎচহনিংঙবসু মরমলেন্দ
মথোয়গী ওইব মনাংকী শাগৈ শলাইদ তিলহনজতুন,
অতুবু ঐখোয়দি থুগাইজত্রি ইপামগী চৎন লোনচৎপু ।
থম্মোয় পানব শাবী শানৌ কয়া অমনসু,
তেংথাজররি থম্মোয় শোকন মথংলেন কাইনখিবগী মৈচাকন :
লৈতাজখি, কয়ামসু অশেংব লৈনম ফংজবদ.
করম্ব শরৌ লাংদগী চকসিদ নহাকন মিংহোংলুরিব ?
পিবা ফমবু পামজতুন নশাবু লোনম তৌজরুবর ?
লিলি হায়ন মিংথোনবিবসিদ পেনথোকচরবরনে নহাকপু ?
কৌহননিংব অমবু কৌহল্লবসু, লেংদবদি শিরোই লৈরাংনি।
পোলেপ্ফম নাইদব চুমথাংবু অরেপ্প ওইন খল্লুগমু
লাক্খিগনি নোংমদি পাথৌশিং লিবিরনব অরেপ্প রারিদো
লৈরি লাইরৈপাকসিদ কোম্বীরৈ. খোংগুমেলৈ লৈরাংলেন কয়ামসু।

ললাং
১৯/৭/৯৫
থাংজ

## —ঃ শকলোন পুব ঃ—

শক্লোন পুব জগোই হৈব,

কনাগী পুংলোনদ শাগ্রিব জগোইনো ?

তেংবানবগী মালংদ পোথাব লৈতন শাজরিব ।

অণ্ডক্পনি নত্তাক্কী জগোইগী তন্থাসে।

নিংশিংবন লাম্ব কংখিজ্রব শুংজাদগী.

শাজ্রবগী অপেন্ব কৌবতবু মলৈজজ্রিব ।

মিৎকুপ্ নাক্কুম্ কাংব লৈতন য়েংজরি তাইবঙ্ পানবন।

ঙসি, শেপ্তন শাজেনিব ত্তান্না নাইজ্রিব জগোই খুংশাদো.

শাগ্রখিনি নোংমদি সোইদন খুংংখং হৈব মীওইবগী পুংলোন্দ

লৈজরন্থ নপাঙ্গলন মপুং ফান চোক্থরক্খিব তাঞ্জাহুদ।

৩০/১০/৯৫ ইং নিংথৌকাব

ললাং

## তঙকু তংকু য়েংজরুবদ

ঐহাক্না মপুং মরৈ ফারকখিব মতমক্তুদাদ,
থম্মোয় অসি রাখলগী মিরাংন কুপশিনখিক্লুন
পুন্সি লমজাউ থৌবুভদ কাওচংনরম্মি ।
শেগায়বন মনা ফাউব য়াউখিক্রব,
মোংলব খোংগ্রাউগী থাউক্লদ পুত নিংজনজক্লুন লেপলগ,
লমজাউদ চংনরিব মাংহৈশিংঙুগী মওংমতৌ য়েংজরম্মি
খংহৌদন থম্মোয়দ রাখলগ।
ইথিন অম কাউরকাবরাম্মি,
ফজ ফজরব নিরোল শেং-চানারব শিংতুগী নরমদ ।
মথোয়শিংনে মনিং মখা তম্ম চংনারববসে,
মপী মপা ওইবশিংদো সোইদনমক্তী,
তৌব ওন্ন, শেনজাউ পাইব ওইরগনি,
অস্নুমন রাহং পাউখুম কয়ান থুমংংখিক্লুন,
রাখলদো স্কুংনাংজরম্মি ।
লমজাউগী মীশিংদো থোইরেন পাইবক্তম,
রা কাইহুন লেম্বম্মী ।
হন্ন য়েংথোকচখিবদ, নত্তা অম
লৈমায় থক্তে তালন লৈব উখি
ঐহাক্তী তঙক তঙক হোক্লুন,
ফিভম ইকাই কাইদনা অক্তমক লেপ্‌ প্রম্মী ।
অহল অমন বক্লপ তৌব খোঙ্হাংন

চেনন চেনন ঐভোন্স হায়রম্মি
ছজিক ফাউব করি তৌরি অপংব ?
মফমসে থাদোকতুন চেনস্রিব
য়ুম্ম্ফানদ অহানব ওইন কারকইবর ?
সরকারগী মীন থুংলরবদি,
নপুন্সিদো থামুথক্ত কেমচুন মাংজনি.
নরমদমনি হায়দুন নিঙাইদন লৈথোক্চন্নু ।

২৭/১/৯৬

থাংজ

## —ঃ অথেংব অহিং অমদ ঃ—

নোংজু থাগী অথেংব অহিংনি
মীৎ-মাই পাংব ঙমনদবমথৈ,
নোং চুরম্বগ,
হাংখিবত মঙাইরি
হঙোয় কোজেং থারো কয়ান,
মাগী মাগী লৈয়েংন,
অমত্তু ওইব, খোম্থোক্ত,
পোথাব কোব
লৈতন
তক্‌শিনজরি,
মহোশা লাইরেম্বীগী মফমদ।
পুথ্রী, পাৎ, খোংবান তুরেলনচিংব,
পূম্নমকসিদ।
কুম্বী কালেন থাইদন,
মতৌক চান ঈশিং,
লৈহনগদবনি।
ঐখোয়গী রাকৎ পুমনমকসে,
থবক ওইন
পাংথোকত্রবদি ;
লৈবাক লৈক্রক চৎহনগনি।
কুম্বী কালেন,
নাইহল্লোই।
শৈহেক য়াওন অমুক
লাওশিল্লকই।
রাকৎ ময়ামশিংদো তান তান,
হৌখিব মতমবু নিংশিংলক্কন
মিংকী ককলা অম উইশিল্লগে
হায়ুব ঙমজরমদে।

থম্মোয় লাইমন কাংলম্মী।
অসোমদন থাংপোকশঙগী
শেগায়রব ফক্লাংগী
রাংমদ
শাইজিনগী চিথরকপ ইচুমন,
তপ তপ হায়তুন,
চিরোন তৌবম্বু,
মলেপ চট্রি ।
তৌরিবসে করিনো, মংলা তাইবংল ?
নত্রগ মিত্রংর,
খল্লুবদ !
হকচাংদ তুজুংব,
পোকখি .
ওইরক্লিব ফিভমদ
থংহৌদন চরোইন তেতু
খোংলকখি
কাকম্বু লনবাও
চেম্লকই
কোক্ৰৌহনব মাপু থোরকখি ।
অহল লমনগী পাউরৌদো,
মোইথেম ওইগদব,
অমুকম্বু খঙ্করুই
থনজবদি মলেপচট্রি
থোকলিব মুমিৎ থাসে,
করমন হুইন,
চাখিদৌব ।
অমুকম্বু খললি ।
লেপ্প লৈতন খনলি ।

৯/২/৯৬
ইরাই

## —ঃ লৈরাংগী লৈহিক ঃ—

থোরক্খিবদ থাবুঙ্ থাজ মান
নোংপোক্কী সংনানব উচান উনা লকতুদ
খংহৌদন মহৌশা লাইরেম্বীগী লৈকোনদ
শিঙ্গাইরে কৌবি লৈরাংন মকা ফনন
লৈশাং তমজদুন থাবুঙঙোন মাবু তরামন
ওক্চখি, মাগী থম্মোয় লকা হুংদুদ ।
ঈপাক ঈচাউগী ঈথক ঈপোম কয়ান,
ঙইহাকক্কী ওইন লৈজরমলগ,
খংহৌদন মাংখিবগুম্
থমনা থকক্কী লাইজ মান মিংকুপ অমত্তু ফাওব
লৈতাব ফংজদন লাইজ হুংদ তিনখিবগুম,
থাসিগী মমলব অহিংন খংহৌদন
মলেমগী অভানব শরুক্পু য়োংশিনখিবগুম্
কাইন মৈচাক্ খংদব, মীহুংশি কৌবস্নু য়াউদব
করৌহনব মান, মতমচাদন থোরকতুন
শিঙ্গারৈ ঐগী লৈহিকপু চুপ-থোকপিতুন
অরেম্বদ লৈমায় থক্তে চোইজাইনন
তাহনবিদুন খুঙ্গোইনবিররনি খনজরুবদ
থম্মোয়দ তংতাব ওমজখিদে লৈরাং মান

অমুকস্সু থনজরুই মৈরাম্বী মান মৈন্নুংদ চোংশিনজুন
মশা—মউ থাদোকচববু, মৈরি মগী করি মরালনো ?
থল্লুবদ শিঙ্গারৈদো ঙহাক লৈত্তাজখি ।
খোইমু মান লৈহিক চুপ্‌পাবস্সু লৈরাং ঐগী
করি ইরালনো ?
মতম খোংলৈ লাকপদ
লৈরাংন লৈহিক চেল্লবদগী ত্তৌবনি ।
খোইমু মাগী মরাল লৈফদে
লৈহিক চুপ্‌পন খোইমু মশিন্‌নি
লৈরাংগি লৈহিক্‌তি খোইমু মগীদমক্‌ চেনবনি ।

১০/২/৯৭
থাংজা

## অগ্লাগী তেনর

থরাইন পামজন পুজরক্থিব লুংনিজরব
তেনর মচাদো
মশা মউ হারেপ্ ফাজরকখিব লোইনন
মীরোনস্থ চাউরাকন খংব ওমজয়ে,
লৈথাই তান ওাংখোক্প ওমজদবত মওাহরৈ।
চুমিং খুদিংগী, লাইথনগী অগ্না থকতুদ,
মরোন- মরি শুদবামখৈ তে-তে খোংজবদো,
য়ুমগী অহল লমন্ন অমুক্ত হন্ন য়েংবিদবতুদ
নিঙমদব রাখলগী মমি অম মথম্মোয়রুংতুদ,
মতম পুম্বদ তাদুন লৈরে হায়বদো,
মহাক্কী নিঙমদব মাইথোংতুন ময়েক্লান,
তক্তন তাক্লি
অদুবু, কনা অমত্তন হন্থন খন্থবিরম্দে ।
উচেক্কি মপোক্ত পোক্চরবস্থু, মচন মঙান শাব
থরাইনিন,
মহাক্কীস্থ মরন্নাই ওইব রাখল অম লৈবদি,
মহৌশানি হায়বদো।
শরক অসিদ পাবগী লু-পুহন বৃন্দাবনদা ওমজব
থরা কথোক্চনব চৎপ তাখিরম্মি।
লাইফমদ মায়োক্নরকখিব থোদোক্ কয়াগী
নিঙমদব রামৈবু থম্মোয়দ ফুমতুন হল্লক্চখিবন,
লৈকাইগী মচিন চেক্ য়োরকখিবদ, তেনরাতুন
ময়াংলম্বম তাধনখোয়গী মতাকব শুমাং মতোনগী
লৈহাউ মশাতুদ তোংলগ লৈরোই লৈকাইন
তোইন তোইন লাইবু শোনজবদো তাব ফংখিরম্মি ।
থন্ন থন্ন অতুম নক্শিল্লক্পতুদদি, তেনরাদো,
তাধনখোয়গী শদংথাতুদ অতুম পাইশিনখরে ।

১২/৫/৯৬
থাংজা

## তোম্রি খোঞ্জেল নুংশিব

খুন্দ্রাকপম্ থম্বতোন্ন মাগী বাঙ্গর লাবক্তুগী,
পাকলব ময়াংলেনক্তুগী মথক্ত ফৈভমনন ফমলপ।
মথুক্তা পাইজরিব তোম্রিগী মচিনক্তুন মাগী
মখা থংব মচিনবানক্তুদ থোংলগা,
মখুৎ মচ-শিংক্তুগী মতেংন তাইবং পুক্রিং হুরব খোঞ্জেলদ,
শোনজহৌনে মীওইব রাধে শ্যামগী মীংথৈবু হায়ক্তুন
লেপ্ তবমথৈ খোংজরি।
পিরেনগী শজিক-তানৌ ফংজবক্তুদ ইরোইলাবক্তুদি,
মঙক্ ফাওব হাইগৎচবগী মতম ফংজখিদে॥
থম্বতোনগী পুক্রিং হুরব তোম্রি খোঞ্জেলদো,
ইরোই লাবক্তুগী মফমদদি অর তিতিগা অমহানি।
খুকউদমক খুম্ব য়াইউংশংব খুদৈ থোনব্
মমিৎ মমাই, মথবাক লেংজুমন চিংবদ চিথদবমথৈ,
রাধে শ্যামগী খুয়া থম্বালগী উনমন লৈতেংলিব,
অহল অমন অফিং অফাই লাউবকই,
য়ানি মচা, কনানো? মমিৎ মনা কেক্ কেক্ ওলক্তুন,
থংগনি ওসি ফৌ-না অমত্তু পিজরমু,
অহন অহুগী মঙং মতোগ রাঙাং শঙাংগ থেন্নমনবক্তুদ
থম্বাতোন্ন চংশি মুব চোম্থন লৈব য়াব
মফম ওইরোইদৌরি।
ইরোইক্তুগী মবুক অনিক্তুদ মখোংনা থৌ-থৌক্তুন লেপ্প লৈতন থৌরকই!
বাঙ্গর লাবক্তুম্মু মীতগ লোইনক্তুন লাকলবনিন মীগী ইরাংদি
উবদাত্ত থংব ওম্মবক্তুদ,
মহাকম্মু কি, কি কামলক্তুন হুম্ন য়েঙমদন
লমপাক তমনা চংখরে,
লেপ্পা লৈতনা চংখরে।

১০/২/৯৬

থাংজ

## — ঃ অয়েকগী খুত ঃ —

মতমপাকত ফমহনজুন চক্সা ব্রালহনজশ্বিব মচাহুন,
হাইনিঙাই লৈতন নিঙাই তৌরকপহুদ,
তৌনিঙ্গাই লৈতজুন মমাঙুন মফৈ অনিদো খপ্-খপ্তুন,
লমহুই লাকত্র তোকপ লাকত্র হায়হুন,
পোথাব লৈতন থেমজরম্মি।
কানরকমনদ্রবহুদ, পাইরক্সী লৌশিং অমা লাক্লুন,
মনাক্তা তাহুন লৈম্নিব 'খুৎ,' য়েকপ মীখলগী
অমনব চেজাইদো মথুং ওইন লৌখৎলগ,
মচাগী মমীত মপাহ্লদ পুশিনজহুন
য়েংউসে 'খুত' লাকত্র 'খুত' লাকত্র য়েংউসে হায়হুন,
কিহনজরম্মী, মহুদত
অঙাংদো লাউ খোংলম্মদগী পোথাখিহুন
পেরী পেরী তৌরগা,
মমিত মচা অনিহুন কোইরুক কোইরুক য়েংহুন,
খাবুম থল্লিব চরাদো য়োংনিং য়োংনিংদন
য়োংশিনখি।
মমা ওইবিহুম্নু ঙহাক্তী ওইনদি,
তং তাজখি।

২/৮/৯৬

নোংমাইজিং

৪৭ শুব পুর্নিমা রোফোংদ ফোংখ্রব

# থাংপোকৃশঙগী তেংথাখোল

তুরেল তোর্ব্বানদ লৈরিব থাংপোক শঙহুদগী,
থোরকখিব তেংথাখোনহুন,
ইপানদা লমদমশিব হিদিঙ্গা লন্লোনব অহুবু,
মতম কুইন থাদোকনরমলব মহাক্কী ইমুং-মন্নুংবু,
অমুক নহৌনন নিংশিংলম্মী ।
মশাদো রাথলগী লমহাং অমদ লমুকনখিহুন
মথুন্তুগী চাক চথোমদো খংহৌদন থমলগ,
অমুকস্থ লৈতান তাজরম্মী,
তৌরিবসিবু মংলা তাইবংল হায়হুনা,
অস্নমল মমিত মনা কুপতবনথৈ খনজরিহৈহুন,
থাংপোকশহু মৈরিগী শত্তম লৌখিবগ লোইনন,
তেংথাখোলহুস্থ অহাংব মালংদ তিনখিরম্মী ।
খংহৌদন অমুকস্থ স্নর্পী-অঙাংগী,
মীকপ মীরাউ খোলন,
মনাকোং শিংজা য়েরকখিবদ তংতাব ওমজখিরমদে ।
লিরেমরক্রিব রাথলগোন পুন্নামকস্থ,
মাইথৈ শলাক্ত খদন মাংখিহুন,
ভারতকী নীংতম্নন থুদোল তমবিখিব,
মৈলানগী অকিব ফংলব হিংচা য়াইতমগী ।
শত্রুবহুন থিভম অমত্তু কাইদবনথৈ,
অমুকহন্ন মলাংদা লৌপ লবহুদ
লন্লোনবদো মশাস্থ মশাগীদমক হিংখিগদবনী
হায়বদো কাউথোকাখিরিম্মী ।
নোংথক শিনব থুংন লাউনরককখিব,
আল্লা-হু-আকবর, বন্দেমাতরমগী খোন্থাংদ
মহাক্কী মতিং খোকপা খোজেলহুস্থ তিনখিরম্মী ।
হুমিং অদো নীংতমলান্দ ভারতংগী
তরাশুব লোকসভা মীহুংকীদমক ।
ভোট থাদনব লোইশিল্লকখিবগী,
অমম্ অচান শিল্লকপ মতমনি ।

১৩/৭/৯৬ ইং

## মৈথুলকুকী কেগুৎ লোংপা

অনিশুব লনজাউগী হায়হৈদ্রব শাফুদো,
হিরোসিমা নাগাসাকিন চুক্ ওইন তাকলি ।
পিদং - পাদংহৌবা মপারি মখোয় কয়া অমগী,
তেংথাখোললগী খোন্থাংন অহাংব মালংদ,
অয়েপ্‌প লৈতন শিনব থুংন নিন-খোংলি ।
ওমথৈ নাইদব ওইরব থিবগী লমজাউ লমহাংহুন্দ,
লমুকনখিহুন, ওসিস্থ থুনামদো থিব ফংব ওমনদরি ।
ওরাংন করনন হৌথিব, হায়ংন করম ওইরক্‌কদোরিব,
থন্থব লৈতন ।
হয়েংগীদো, ওলি থনব ওমজবনি থোইচংনজরিব ।
করিগী, নমিংতো থুপ্‌লি মৈথু লকতুদ,
কেগুৎ লোংপা শানতুন পোননলাং থাক্‌লিব ?
তুং-মাং য়েংব হৈনখিদব ৰুয়ামস্থ,
মৈথু লকতুন মশা-পুনা রাথৈ-থ্রবনি ।
মপুনা থোনবিরিব শেংথ্রব লমজাউসিদ,
ওসি কৌবদো থংজৌজ্রবদি,
হোয়েন হয়েং কৌবহুন্স,
ঐগী হায়ংদো ওইররোই ।

৪/৭/৯৭

## -ঃ তরংগী পরিংদ লমুকনব ঃ--

কা-তরেংন শাব শঙ্গাইদুগী.
মিংকুপ পুংজা অম
তরংগী পরিংদ, লমুকনদুন,
ঙকচানরিঙৈদ,
চুমিং মান এরেঙোন্দ,
ঙাথু-থেংহুদুন,
মমিং মনা কুপতবমগৈ,
মিঙম্নদন চিংনা চিংন হেংঙমলগা
তময়া কোরি চেনাখিরম্মী।
অডুবু থম্মোয় মাদি,
ইথৌলাংব কুবাক কঙাউনহুন,
কোইপাই পাইরক্তুনা.
চেম্না চেকন পাইতারম্মী,
রাখলগী ঈগক ইপোমদ
তাইবঙ কোলংগী ঈনো লকখুদ.
অমুকন্সু মৈরানবীগুম,
মশা মরেং খাদোবচকগ,
কা-থোইন থাংজার
পুককবী পলেমগা তম্পাকনীদ,
লমজিংবিনব কনা লৈতেন
কোরৌহনব মান নোংপোক মাইকৈদ
উমুক হুম থোকপীরকপবু ঙাইজদুন।

২৭/৭/৯৬

খাংজ

## —: ইবেমবোকৃকী কান্থ :—

শেগায়রব থাংপোকশঙগী,
        ফম্পাক থকতুদ
রাকচিংগী মুম্বিদাং অম,
        মবেনবোকন থমবীরম্ব,
মরিন চৎলব কান্থাহুন,
        কোক-লু কুপশিল্লগ,
তুম্বক তাশিন্দুন,
        লেলিঙৈহুদা,
থংহৌদন মীকপ মীরাউখোন অম,
        তারম্মী ।
ফকলাং অহোব রোমদ,
        য়েংথোকউবদ,
থংনরিব ফুরা-দোলানগী শঙ্গাইহুদ,
        মৈরি কাব উরম্মী ।
ঙহাক থকচানক্লগ চেন্থোকখিবদদি,
        মীয়াম চংহুন,
        মৈরি অদো মুথৎলম্মী ।
ওন্থোকপনি মপু মাগী নোংদম,
মৈরিক অমন থাংপোকশঙহুদ,
        পাইশিনখিহুন
মরিন চৎলব মবেনবোককী,
        কান্থাহুগ কোল্লনা,
থাংপোকশঙদো মৈবুন ওইন

চাখংলম্‌মী ।
লোইখোমগী শেন্দ্রাং কয়াহুম্বু,
পাইব ওমজন্ত্রিব মচাশিংদো,
থমবিয়মলগা,
লাউ-খোংহুন মাইকৈ শলাই,
খংদনবমখৈ পাইথোকনখিরম্মী ।
রাচিংগী খাংওমত্রব অইংব মাশু,
মফম খংদন মাংখিরম্মী ।
মৈরিহুম্বু তপ্না তপ্না উংকী মপৈ লকুদ তিনখিরম্মী ।

২/৮/৯৬
ইরাই

## —ঃ লাই ওইরব হৈনৌ পাম্বী ঃ—

লৌচি কোইব উমদব,
লাংবন থাগী।
চাক-চা মাং অমদ
শুমাং মতোনগী,
মা পাম্বী মকুমতুদগী
তনৌবা শিডেল লৈবাকলৈ লৈরাং মান
নোকনি নোকমি অপাম হুংশি,
মিংয়েংন,
লৈতাব খাঙ্গদমখৈ,
হায়জরকই।
মা মঙ্গংগী অমঙ্কতুদ ফমলগ,
মেথু পুবাম উমতুন,
কবম্ব তবংগী শঙ্গাইদ,
কবম্ব মংঙ্গানবু,
ংম্পীরবগে ?
মতাংব মালংগী, ঈশক ঈপোমাসিদ,
মমুকতংদি,
তাঁইবচ শিঙ্গা তম্মিনখিসিগব,
কৈদৌবগে পামুব
খুদোংচাব লৌরদুন,
শরক চংপ মালংঙ মাস্থ
খা হোদবমগে,
থোংনাউরোমদগী লিংশল্লকতুন
থাবক হুনব খোম্বাংন !
নাপ চিকন,
চিরোন তোরকই—
হুংশিব !
ওইন চাওবী, লৈবাকলৈ মাগী,

নাহে—খোনদ।
কণ্ডাউনজরুম্মু
উবিরিবর ;
মানজ নওবু ?
অহাংব অতিয়াসে
শিনব থুংন পাইরিব,
ওমথৈ রাংমগী,
হিংচাবীশিংসিন মমিত্—মনা,
কুপ্সুমথৈ
লাউ—খোংতুন
লৈমায় থকত পাইথরকত্তোগী,
য়েংথরক্লিবসে ?
থওইদব, তৌবিরুম্মু,
হায়রম্লগ
মাংথিরম্মি।
মমিং—মনা কুপ্সুমথৈ
থোদোক শিংতুবু,
মিংয়েং তাজরিব !
হৈংখোল চিদায়গী,
লাইওইরব ;
হৈনৌ পাম্বী, অতুন
হাই—তুমতুন, শিথ—শিথমথৈ
নোকলগ !
লাউখোংতুন হায়রকই
তুংশিবতু মশক থংনদবশিংসিন,
তুংশিনরিবনি, হায়রতুন !

তৌনজব শারিসে !
মতম মান লাকখিবদ,
অমরোমদ !
মখুত মচা মরকত
ঙানথোইরম্বী!
চুরুট্ মচৈ অতুম্ব'
তাঙ্গোইন রাথৈখিবদ
লৈমাইথক্তুদ,
ওনথোইজুন খাংজখি ।
মৈখু লকতগী হুবু থাইদোকপ ঙম্মী
চুরুটক লোইনরকখিবী,
ফিলটর কৌবী,
মহাক অতুম্ব
পুকমেন্ পাউমেন্নব
তৌবিদমখৈ,
লৈমাইথক্ত পাদবিরগ,
সুরু সুরু,
লোইহংপিখি ।

৪/৮/৯৬ ইং

## তরংগী মংলান অমদ

শনজেংবুঙগী, চীদাই ওইরম্ন,
হৌরিব,
মশা, মউদ, ঈশং ফাউব,
পক্‌খিত্রব
সাইওইরব, হৈবুঙ পাম্বীত্নগী
মখোংত্নদ ।
শামরক ঙামরক অমন তুম্বক তাশিনত্নন,
নিঙাইদন কুল্‌লী ।
হৈবুঙ অমুনব অমতং লৈমাইথকসিদ,
কেলক্তুন,
মহাও খংন চাজরবদি,
মীরকতম্ম তিল্লুব য়ারনি,
খনজত্নন ।
অম্নুম্ন
তরংগী মংলান কয়া,
অহাংব মালংদগী,
অতৎ অকাং লৈত্তন,
খোমজিনজরিঙৈত্নদ
উইরুম উইরুম সঙ্গপ,
সাইত্নন
মনাক্ত লেপপমব লাইশন
অত্নন,
খংহৌদন হেক কুন্থরকপত্নদ,

মশাদো পুমনন্,

ননশিনখিতুন

শাগৎচরম্ব

রাখল লৌশিং, পুম্নমকতো

থংহৌদন,

অমুক হন্ন,

অহাংব মালংজুদ,

তিনখিরশ্মি ।

১৮/৮/৯৬

নিংথৌকাব

# ঐগী কৌবরুবু থিবদ

মচাগীদমক,
লিজরিব খোমলাংবু,
অতৎ অকাং লৈতন
শুমদোকপিবদ ।
মপীন কৈদৌঙ্গুংদস্থ,
পুখা-লিনখা,
থাজদে ।
পোমশাংনরিব,
শিঙ্গেল লৈরাং,
মঙ্গাবপু,
ঙুংশি হৈতন লৈখোকপগী,
থমংশিরগা,
অপাম কাং,
শরি পান্দোম [illegible]
পামু,
খুদোল শুইনবদস্থ,
ইখো লাংজরিব,
খোইমুন,
রারৌ পুরৌব,
তৌজদে ।
লাইজ ঈপান লাংনৈ,
হায়তুন
তুরেল মাস্থ,

ঈচেলদো থৈগে,
হায়জদে ।
মীওইব কৌৰ,
নহাকতী
ঐগী কৌবতবু,
থিবদ
অতং অকাং নৈতন,
করিগী,
নশাবু, নশান,
শেক্তন চানরিব ?

১৮/৮/৯৬
নোংমাইজিং

## সাহিত্য ইপান লাংবদ

সাহিত্য কৌবী পলেম,
নহাকপু
পরিষদ কৌব ইংখোল
চাইকোইমুংছুদ ।
করিগী লৈথোকপীরিবগে,
নিঙাইদন ?

চিঙদোন মাপন লানন,
খোংদোই ছুল্লকপিবগী.
চোকথরক্তুন ভৌরিবরনে ইমা
হক্চাং কয়াংতো ?
নরোন নরি ইফাই-ফাই,
নশাগী ফিরেপপু
ঙাকচবদ
রাজরিবী

নহাকপু মশক
থংদবী
লৈকাইগী নশুং নমানবী,
কয়ান,
নোকে্‌ম হাগ্রেমনহুন,
মাইথোংছুদ মুক তৌশনাবিরব ফাঙবাং
তঙ্‌ক-ভঙ্‌ক য়েংহুন, অমুকস্থ,
থাংজরিবী
নহাক্কী থৌগল ভৌজরীব,
নপারী নমোম’
কয়াদি,

রারেনে ইমা থাংজবদ
ওইরক্লীব, নহাককী ফিভমত্থু
উজবদ ।
নচাক নরন পুম্নমক, খোমজিন্নসি,
থাদোকপীখরোনে,
ইমা
শংবন, য়াউত্রব অহাংব ইংখোলদো
শাজরগ, নশারী পাথৌশিংন,
অনৌব ইংখোলদ,
মতমগী শঙ্লেন অম ।
খোগলজগেনে,
ইমা ।
কংব নাইরোইদব মুকন থল্লব,
খোৈর্জে,
থুত্ত পায়জত্নন
ইমাগী মচীক ময়াইবু,
ঙাকচবদ
নহৌনন নপাঙ্গল পুম্নমকতো,
সাদাকপিদুন,
অমুকতংদি
লোইথিউনে ইমা,
পুদিনগী ওইব অশোংব
শক্লোনদো,
কংচগেনে
নথুয়া থল্লালদ,
ইমা,
থম্মোয়গী শোংলব,
লৈয়াং থুজোক্ ।

২১/৮/৯৩

## পোক্ফম্ লমদম্

পোক্ফম লমদম, ইমা মনিপুর

কংচরি

লৈচন কয়াগী.

লৈরাং খুজোক ।

ইমাগী খুয়া থম্বালদ ।

লৌশিনবিউ,

লম্ফু কনরব,

নপাম্বি নমোমশিংনি,

থনখিজুন ।

লেনজগেনে,

ইমা,

নীঙাম মাংল,

লোক্‌পিহৈব,

ইমাগী,

মুংশি শুক্‌চেলদো ।

১৩/৮/৯৬

ইরাই

# পনথুংফম য়ৌবদ

বীরেন সনা

হিজম ইরাবত
পোক্পী পলেমগী,
মপারিশা।
শথঙদব,
কনাগী খুনামদ,
করম্ব লময়ানব অমগী
থোঙ্‌নবু,
অমুক লিরিব ?
তাইবং লমজাউ লমহাংসিদ,
নাইকৈ শলাই থংদবমথৈ,
তেল্লব পুন্সিগী
খোংথাংশিংডুন
ডমথৈদো,
ফংখিনি
শল্লুবনর ?
পাখোখোয় !
অমুকতংদি;
হঙ্গন য়েংহৌখিসিব
থারিব,
খোংফমশিংদুদ
ডমথৈ নাইড্রব'
তেংবানবগী ডম্‌থৈজুংসিদ
তাল্লব পনথুংফমদো,
য়োঙমদন,
অরেম্বদ লমথ্বাংদ,
লম্মুক্খিডুন
শিডেল অবেম্ব,
লৈরাং অতিডা,
শুইখিদনব।

১৬/৩/৯৭ ইং
নোংমাইজিং

# শাসু থরাই পাললি

খোমলাং চিংজরিব হায়েং মচাশিংহুদগী, মপীহুন,
য়ারে হায়ব মতাগুম হনদোকখ্রবদ
মচাশিংদো মেৎমে খোংলগ
চোঙ চোঙহুন লমজাউ তাবামদ চেনখোকখিরম্মি !
মগুকশমদ থৌরি থুরিব মপীহুন,
মচাশিংগী কুম্মেদো মমিং কুপতমথৈ য়েংজগৌই,
য়ুম্বু মতৈ মনাউ অহুম
খুবাম থনব পান্না মতপ্ অমমম্ উমশিল্লগ,
তরাঙ তয়ামনা হায়েং মপীহুগী মনাক্ত লাকলম্মি
পায়রকপিব লংত্রিক লংব থাংশাঙ,
থাংগুমন থল্লব শদনবু উরবদ
মপীদো লৈতাব ফংজখিদে,
লৈমিন্নরম্ব করাগী ওইখিব মতৌংশিংদো,
নহৌনন নিংশিংলকপমাদে,
মিংলু অনি অদো লাইজ ইপোনন থুমহনখিরবি
মচাশিংহুবু কৌজরিবর নত্রগ
মপু মাবু শোনজরিবর করিনো থংদে,
মাইকৈ শলাই থংদবমথৈ পোথাব লৈতন খোংজরম্মি
পুল্লিব থৌরি অদো থোকতোকলগ,
নিপাহুন, হায়েং মপীদো পুখোকখিহুন !
কুমাং ময়াদ য়ুংলিব উচুংহুদ পুনশিনবীখরে ।
ঘুপীহুন থুহুং অনিদো খংপাই পাইশিল্লগ,
মশাদো পাংতিংবহুন ত্তিংবিখরে,

শদনত্থগী মতেংন থৌরব থাংশাংহুন
মশাদগী মকোকতো খাইদোকপিথরে
মথোং মরিছুম্থ ঙমজবমথৈ ঙহাক
কাউজরমলগ অতুমক লেংখিদরে।
মথোয় অনি চংহুন মউন অতুম্থ শিং নানন থোক্তোকপিথরে
থৌরাং পুম্নমক লোইশিল্লগ অনিদো
মিৎকুপ অমতং ফমথজখি।
পাল্ল মতপ অমগ অগ্নক উমশিল্লগ যুম্ব নিপাদো,
কৈথেনগী পোংফম কমন শাক্লিংদো য়েম্লুনব পুহুন থোক্লম্মি
মুপীহুন, কাউগমুকো, মীন হংলগ লাবগিনি খুমুকো,
য়োল্লগমে, এগী অশাংব মচুগী
ফজব ম্লাউক্ত মমতংদি লৈরকউকো।
হয়েং উপামদ মুংশি ভোম্বীগী 'মতোক ফুমিং' চৎকদৌরিবনিকো,
নিপাদো যুমমদন পোংভো লোকথোং নাহুন অহুম চংখিরম্মি।
পোংফম য়োরগ মনাইন ভিংলিব পোলাংথোকতুদ,
খুরুংদ থৌরি পুরগ শাদো হুনশিন্দুন থমথরে
অচৌব শানজ্জুগী নমক্ত শাংজোদো কৈশিন্দুন থমলগ,
নিড়ি মচৈ অগ চমতুন পাউ উরা
চিংলগ থাডিৎ নান্দুন ফমথখি।
মমিৎ অনি অহুন অত্মাম থৌরাংব নোংশাগুম উকক্ত লৈরি
শেন পাইবাশিংন করম্ব মওমদ লৈব লাকদৌরনো হায়রুন,
অসোমদন, হায়েং মচাশিংদো মবুক নামলবর কন্দিনো ?
খোংল খোংলহুন, মঙোন ঙমন চংলকলম্মি।
পাং ভিংলিব মপাগী মউনতুন মচিন মচাশিংহুন ঙক্ ঙক্তুন,
মে-মে খোংজরম্মি, অদুনু থোমলাংদি শিনথরকপ লৈখিরমদে।
ভিংলিব মউনদো নোপ্ থগ্রগনি হায়হুন যুম্থু মুপীহুন,

শাজৈন ফং ফং কল্লগ চৈর চৈরদুনা তানথোকপীখিরম্মি।
ঙসিদি মপীন লেকৃপিরকত্ত্রবদ মচাশিংদো তৌকম খংদহুন,
কঙাওনন খোংল খোংলদুন মপীবু থিব চেনথোকচখিরম্মি
মপুগী খুংশেম অঙকপনি, মখোয়ন চংজরুব মফমশিংদুদগী,
মীঙইব কৌবন, তানথোকপিরকপ নত্তন অতৈ
অম ফংজরকখিদে।

ললাং
২৬/৭/৯৫ ইং
থ্রুমশাকৈশ